# ফৌওইবি খুরুম্নবা

—:[ * ]:—

হয়া হে হে লিকলাইও য়িপুংথৌ নোংথৌরেনবু মপাও নাদাইরেম ইরাক মানা। হয়ি চক্‌ঙৈগী। খোইমোম লাঙ্গীরেম্মা। য়াংমোম মহুই লোইনাই॥ লোইমোম ফৌওইবী। তরা তরা চাওইবি। পোইরৈ খুনয়োকপি তায়িম নাইয়োকপি। লৈন্নুং ফাইবী তেরা কোনলাং নাসিনাবি। থাংয়ি অহোংপি!! লোই-মোম অচৌবী॥ য়াংমোম মাহুই লোইনাই। থাংয়ি মমিং য়াম। লোইমোম ফৌমিংহকপি। হাইন্নু লৈমা হাইমিংনবি। চিংন্নু লৈমা চিংমিংনবি। খোংজিন্নুং লাইবম চন্নু লেমলৈ ঙারা ঙাওইবি। রাকচিং হাওকোনবম চন্নু নিংঙেল নুরাবি। লোইন্নু থুম লৈমা থুমওইবী। য়াংমোম মহুই লোইনাই। পাংথি লমদমনা। হাউনা তোন তেকনা তুবি ফৈনা ওনমানাবি। তোইবি কোনমিংনাবি কোনলাং নাসিন্নবি খোইনৌ মতা মাদি কদাইরম তুজোং পল্লান-খিবনো। য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা লোয়মোম ফৌওইবিনা লাম্লায় য়ুপুংগোই য়ুনারেক চিবা পাউ নাইদবনা। লৌরি থিনবি মনম ফাংনা। মরান য়িমগা তম্বা চেল্লা অয়ুক লৌকুম অমা তৈ নুমিদাং লোকা অমা তৈনা মপারি নাউথকনা মমোম নাউহমননা লিল্লা উনগোইহুন্দা মন্নুং য়াতারিবি ফৌরাও। উরিৎ লোনয়াম্বী। যাংবা সিরায় কংচানা লাকা সেৎনা। মরান য়িমগা তম্বা চেল্লা

অয়ুক লৌকুম অমা তৈ নুমিদাং লৌকা অমা তৈনা মপারি নাউথকনা মমোম নাউহম্ননা লিকলা উনগোইন্নুংদা মন্নুং য়াতারিবি ফৌরাও। উরিৎ লোনয়াম্বী। য়াংবা সিরায় কংচানা লাকা সেৎনা মরান য়িমগা তম্বা চেক্লা অয়ুক লৌকুম অমা তৈ নুমিদাং লৌকা অমা তৈনা মপারি নাউথকনা মমোম নাউহম্ননা লিকলা উনগোই-নুংদা মন্নুং য়াতারিবি ফৌরাও। খুম্নু মালথিক তোং। তেরা মমা পুচেং লৈ নৌবিচা কোংয়াং রা খুন্নু॥ চিঙসোং লমলৈমানা লাংলেন কোংয়াং রাতোন থকতা সিঙবি য়াদা চিকনা মরান য়িমগা তম্বা চেক্লা অয়ুক লৌকুম অমা তৈ নুমিদাং লৌকা অমা তৈনা মপারি নাউথক্লা মমোম নাউহম্ননা লিকনা উনগোইনুংদা মন্নুং য়াতারিবি ফৌরাও। লৌথিং লৌঙান্নু। ঙান্নু খেরে চিনুপাকপি চানা। সোইরেন ফুম্বি থকতা। হুপনৌ তোনগা চিক্লা মরান য়িমগা তম্বা চেক্লা। মপারি নাউথক্লা মমোন নাউহমননা লিকলা উনগোইনুংদা মন্নুং য়াতারিবি ফৌরা। মানবি লিহেপ্পা কাউরেন কোনদৈবনা। থাংয়িং নেৎকা নেং। েইমোম সাইগা সাইনা কাউরেন সনখোং খুন্দা। মন্নুং য়াতারিবী ফৌরাও। তয়ম লৌরম চন্নু তরা চা তান লোইনা নোংপোক চাকলাই থাংতোং কোনবা তাংখুন খাম্বী লৌখৈ থাং। কাংডোই নুরাপি ফানা থাং মচিন খরং হাইন্নু মানবা মথৌ কোনবী হৌবা থোংনাং সেকপি য়াতানবা।ময়া চাতরে: হুম্ফ পানবা থাংনা য়েৎতরৈ থাংগা হাইখবু হাইয়োনবী ওইতরৈ চাগা খোম্ববু খোময়োন্‌বী থাংই চরৈ খা লোইমোম খুদাপ খোম্বনা থাংয়ি থাদা পাম্ববু পময়োনবী ফৌরা মরোই তোইবি খুরক হৌনা সাবা ফক। সোংপুলাইরা কাইরিং কক্তা

ফকলোং চারাই থাববু থায়োনবী লাইচম্ন লৈমা খেকমোম থানবীগী শমু মখুৎফাং মঙা মানা ওইখিবা চৈ উপন চৈরোং মঙা ফাংবনা থাংয়ি চদোল হায়না লোইমোম পোপতেক্ ফুববু ফুয়োনবী ফৌরাও। মপল থোংনাং নোইযাম্বিচা ফৌরা য়াংলাই কোকস্নু শান্দাচৈ। তাংখুল হুইচা নিংথৌবা য়িতম সোইসেনবা ফানা চৈনা য়ৈয়োনবি তয়ুম লৌরমচানা প্যামেল উমাই কোম্না থাংয়ি চেপকোৎনা লোইমোম চিগা পৈববু পৈয়োনবী। য়ামলা হুমাই মাইরেং হৌবাবু হৌয়োনবী ফৌরাও। লৌরম অরাম য়াংবা চা লোইমোম ফৌরম চেনবদা পোৎপু লেংলম তেক শংবাই নারোং তৎনা থাংয়ি খুৎয়োন থাঙেদা লিক্লা উনকোই হুংদা মন্নুং যাতারিবি ফৌরাও। তয়ম লৌরম চম্নু খুৎলং মুরাবিনা। থাংই লুথোংপু লোইমোম ফৌরম চেনবদা লৌরি খুবিনা সনথি খুনাম্না পাকোন খুরৌথাং তাংজা লাই খাংনা থাংই ফৈথাননা লোইমোম চেপহৈনা থাংয়ি খুয়োন থাঙেগী লিক্লা উনকোইহুংদা মন্নুং য়াতারিবি ফৌরাও। নংবু কৌজরিএ। লিকলাই নিংথৌরেনগী কৈরেন ছাপসা কৎলিবা কম্বী নৌরৈখু খোইজু তোনলোংইক। রাংলৈ থাক্লং ওইবম খিল্লিবা অসিদা তুমিং য়ুরান ওই হুং চেং চাম্নি ওই তুরেল চং লৈঙোই হাবগুমবু থাংয়ি নায়াফম লোইমোম নতিনফমদা তিনশরো। য়াংমোম মহুই লোইনাই লোইমোম ফৌওইবিদি লৈম্নুং থোংঙারেন অহানবদা তাংথখিয়ে মমা লৈম্নুং পিয়াইমুচা সরা কাংলৈ পুংফাবন। সুমাই উচিন নৈএ। লৈম্নুং

থোংঙারেন অহনবনা থাংয়ি হোংয়িগীদি হোংনা ঙমদে। লোই-মোম চাউগিদি চাউনা ঙমদবি ফৌরাও। থাংয়ি অহোংবিদি খমন্নং লাংওন খোন সরা পনগেন খোনবু নাচুংঙমদবগী তোপ্লা হুলাললমএ। লোইমোম ফৌওইবিদি কদাইরমদা তুজোং পনলান-খিবনো। চিংখোং পোইরৈশৌন খোংফাং অতোনবনা মালেম খুনফা উরকপদা হৈনা মতুং ইন্না স্না মমৈ রাইখৎলকপি ফৌরাও য়োইবু খোইয়মোম লাইরেমমাদি ফদাইরম তুজোং পললানখিবানো কুরুম্নলেল মৈনাইবা মৈস্নুৎ সেমবা মৈবা তাউবদা তাংথখিএ। য়োইবুতন্ফা লাইরেমমদি মৈশুৎ মৈরাওখোন খাম্বি মৈচিংখোলবু নাচুংঙমদবগী তোপনা হুলান লমএ কুরুমলেন মৈনাইবানা। কংলৈ পুংফা নরৌদে অহোং তানফং নারৌদবী ফৌরাও। লোইমোম ফৌওইবিদি কদাইরম তুজোং পনলানখিবনো সোংচা নিংথৌবা হেবু কংচিকপদা তাংথখিএ। যোইবু তন্ফা লাইরেমমানা হেপু কংচিকখোল ঙাংচেং লৈতক খোনবু নাচুংঙমদে তোপ্লা হুলাল্লমএ। শোংজা নিংথোবা হেবু কংচিকপদি কংলৈ পুংফানরৌদে। অহোংতান ফংনরৌদবি ফৌরা থাংয়ি অহোংবিদি কদাইরম তুজোং পনলানখিরনো য়াংমোম মহুই লোইনাই লোইমোম ফৌওইবিগা। হাইম্নু লৈমা হাইমিংনবি চিংম্নু লৈমা চিংমিংনবী খোংজি ন্নুংলাইবম চম্নু লেমলৈ ডারা ঙাওইবি ম্নাকচিং হাউকোলবম চম্নু॥ লোইম্নু থুমলৈমা থুমওইবিগা তোইবী কোনম্নিংনবী কোলাংন্নুগা নিনপাল ৮ মানা লোইমহুনা স্নুনা হাইনরমই। অত্নু নোংগিদি লোইমোম ফৌওই চিংও খোন্নরমএ।

খোইনৌ মতা তরুকমক্লা সিংবি মকু খোকনা সিংথারমএ হায়বগী সিংথা লৈথোময়িও কৌএ। থোংনাংকারোং লাই ময়াং কাফা রাইবু য়িল তানসে হাইনা খোইমোম লাইরিক ইনা হাইনরমএ। অহু নোংগীবু সিংথা লৈথোময়ি খোইমোম লাইরিকয়িও থোন্নরমএ। হয়েং কৌবা নোংগাসোই। সোরা তৈনা ভাল্লক্লবদা খোইনৌ মতা ৭ মদি থোংনাং ময়াং পাংগে হাঙৈনা য়িল তালখিববু হামসি নুংলাইকোল তাংথু লৈহৌ পোকনা লাইজ মথিনাই ইমু মরাং হৌ নুংবি খমথাই য়াম লিরেন কংসিনিক তম্না ফৈদোই হুক লাইজ মথিনাই য়িমু মরাং হৌ মেলনাং তনবা খুয়ৌ ভমজৌ হুলনা লাইজ ইরেল পুংভমলবগী। য়াংমোম মহুই লোইনাই খোইনৌ মতা ৬ মদি লাইজ ইতাহৈবগীনা। সাম্বা ইরোইতম ইমু খোংগাওন্না লাইজ ইরানখিরে লোইমোম ফৌওইবিদি। লাইজ ইতাহৈতবগী রা ওইখিএ। লাইজ মথিনাই ইমু নংমু ক্রমনা মরাং হৌওবনো। হাঙৈনা কোংয়াং মচৈ সুনা লাইজা ইপুং খাইনা য়ৈরমএ। অহু নোংগিবু লোলোই য়িয়েও তৌনা কৌই। য়াংমোম মহুই রোইনাই। খোইনে মতা ৫ মদি, হে ইতাও লেমলৈ ভারা ভাওইবিও। হায়েং লোইদাম মনোং ওই। থাংগ্নি ময়াই কারবদা। চামলৌ লুকপান থক্তা লমরোকনসে ইতা হাঙৈনা পাওমেলনরমএ খোইনৌ মতা ৫ মাসুং॥ পোইরৈ মৈতৈপাংনা মারা মখোং শুনবু য়িনতান খংলকএ। পোইরৈ ওন্দেরক য়াংওম হলরাইবুকএ। য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা থাংগ্নি অহোংবিদি। কদাইরম ভুজোং পনলানখিবনো। য়িচিক

সিন্না কোংনিংথৌবা। তুজে রাইখুবিচ। মনম মথা ফাংনা লৈমু সেংতাকনা। লৈহো সেংওইন্না রাইকোক লমমাহন তোংবদা তাংথখিএ। ইমুং ইফেংখোন। লাইজা য়িরাওখোনবু নাচুংঙমদে। য়োইবু খোইমোম লাইরেমমানা তোপ্পা হুল্লাললমএ। রাকোং নিংথৌবদি কংলৈ পুংফা নারৌদে। অহোং তানফংনারৌদবি। ফৌরাও॥ লোইমোম ফৌওইবিদি কদাইরম তুজোং পললানখিবনো। কৌবরোন নামোইন্নু স্নান্নিনগোইগি। হোংনেম লুরাং নিংথৌ পুনশিবদা তাংথখিএ। হোংনেম লৌশোইলেন শোইরেন য়িমাক য়াংলা হৈতুপ পোক মোংবা য়িমজাওমান। সংদিং লোনডৌ চিংদা চমু লুকমাতৈ চঙৌ লুক্কা লেমনা। অহোং তানফংনরৌএ। থংয়ি হোংয়িগিদি হোংনা ঙমদে। লোইমোম চাওইগিদি চাওনা ঙমদবী ফৌরাও হোংনেম লুরাং নিংথৌবা তানলোই লুমদিন খোন চরৈ ফিফুংখানবু নাচুংলমদে তোপ্পা হুল্লানলময়ে। থাংয়ি অহোংবিথি কদাইরম তুজোং পনলানখিবনো। লমলেন হাওমনয়াং কাইরিং পোকতোংবানা। মুংপানস্নুদবা লুরাং ঙাংতাবদা তাংথখিয়ে। খোইমোম লাইরেম্মনা ককৃলৌ তাও থোংচি সিংথা লৈথোম য়িনা ইহা ইকেং মাবু থাফদে। য়িহৈ য়িরোং মাবু য়ানফদে হাঈনা তোপ্পা হুল্লাললমএ। নোংবাল স্নুদবা লুরাং ঙাংদবদা কংলৈ পুংফানরৌদে অহোং তানফংনরৌদবি ফৌরা থাংয়ি অহোংবিদি কদাইরম তুজোং পনলানখিবনো। হাওকু য়াংনমপুস্নু লমলেন কায়িং কায়াং লৈতোংবদা তাংথখিয়ে। লোইমোম ফৌওইবিনা চানা ইরাওখোন তোংলেং লৈশংখোনবু নাচুংঙমদে তোপ্পা হুলাল্লমএ। হাওকু য়াংনম পুস্নুনা কংলৈ পুংফানরৌদে।

অহোং তানফং নরৌদবি ফৌরা থাংয়ি অহোংবিদি কদাইরম তুজোং পনলানখিবনো। কম্বোং থিংগমপোৎ রায়াবা পোরোম্নপাং খারম লান্দোংবদা তাংথখিয়ে কমরোং থিংগমবোং রায়াবনা য়ুহি লামা-চেন য়ুকৌ লামাতে খারি লৈচু খোংচু হাওমন মাথোই লৌ। ঙাইরোং ঙারাক্সা খুংপিশিংলাইনা। কম্বোং খারম পাংপু য়ুহোংনা থাংঙা লাইরেম পাংপু য়ুনৈনা হোংয়িগিদি হোংনা ঙমদে লোইমোম চাওয়িগিদি চাওনঙমদে লোইমোম ফৌওইবিনা থুমনাও হেসোনখোন। য়েন্নাও নাহেখে নবু নাচুং ঙমদে হাঙ্গনা তোপ্পা হুলানলময়ে। খোইমোম লাইরেম্মদি কদাইরম তুজোং পনলান-খিবনো॥ য়িরোক য়িরাইবা লোকপা ফৌওই চিংদোংবদা তাংথখিয়ে খোইমোম ফৌওইবিনা ইরোক ইরাওখোন তাম্না হুইশোন খোনবু নাচুংঙমদে তোপ্পা হুলানলময়ে। য়িরোক য়িরাইবনা কংলৈ পুংফা নরৌদে অহোং তানফং নরৌদবী ফৌরাও। থাংয়ি অহোং-বিদি কদাইরমদা তুচোং পানলানখিবনো। য়িচিক সিয়ু কাংগাওনা। লোয়া কাংঙা মুংতোংবদা। তাংথখিয়ে লোইমোম ফৌওইবিদি ওকলেন য়াতমখোল। লাইরেন য়াতমখোল। য়াউরৌ সাচেন-খোলবু। নাচুংঙমদে তোপ্পা হুলানলময়ে। য়িচিক সিয় কাংগাউনা। কংলৈ পুংফানারোদে অহোঙ্ তানফংনারৌতাবি ফৌরাও থাংয়ি অহোংবিদি কদাইরম্ তুচোং পনলানখিবনো পাসি চুকোক লোইহাবা। চিংফুবাতোংবদা। তাংথখিয়ে। য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মানা। কাক্লেনলান্দাখোল। খারং চাকরাইখোল। মারাং খোংকাউখোলবু নাচুংঙমদে পাসি চুকোক লোইহাবনা।

কংলৈ পুংফানারোৗদে। অহোং তানফং নারোৗতাবি ফৌরা থাংয়ি অহোংবিদি কাতাইরম তুচোং পনলানখিবনো। মুংপাল ফালতেক-সোকলাইবদা। তাংথাখিয়ে। ফালতেক সোকলাইবনা সুম্নাই উথিললননা। থাংয়ি হোংয়িগীদি। হোংনা ঙমদে। চাউয়িগীদি চাউনা ঙমদবী ফৌরা লোইমোন ফৌওইবিনা। তাললোই মারুমবি লৈমা হাওরৈমানা নাপা খুৎফুংখোলবু। নাচুংঙমদে। তোপ্না হুল্লালময়ে। খোইমোম লাইরেম্মাদি কদাইরম তুচোং পল্লানখিবনো।
কুকি অহোংবা লাইকি অচৌবদ তাংথাখিরে। কুকি অহোংবনা লোইরেল খুলবিলোক্তা কংলৈ পুংফানারোৗয়ে। অহোং তানফংনানা। হলমু লুকথুংদববু। লুকথুংনা হলপা লুকতেক তাববু। লুক-তেক্লরোৗয়ে। কুকি অহোংবদি হোংয়িগিদি হোংনা ঙমদে। চাউ-য়িগিদি চাউনা ঙমদবি ফৌরাও॥ থাংয়ি অহোংবিনা তুৰি য়ুমফুখোল লাইরেন্ য়ুকৌখোনবু নাচুংঙমদে। হায়না তোপ্না হুলাল্লময়ে। লোইমোম ফৌওইবিদি কদাইরম তুজোং পল্লানখিবনো। কেগে খোইদিংজম নিংঙোলবি। মপারি মোইরাং আকোংজামবদা তাংথখিএ। কেগে অকোংজাম্বদি। লাবা খুমনলিবু য়াংদো সারম লিখিপদা য়োইবু তম্ফা লাইরেম্মানা। কেগে খোইদিংজম নিং-ঙোলবিও। য়োইমা য়াই তাউদনবস্থং মতাং তেনখিরে। নংগী ফুংগা লাইরুন্নুংদা। তাংথারমগে হাঙৈনা পাউমেনববু। কেগে খোইদিংজম নিংঙোলবিনা। হোইরাদে নামুহিংগুম্বী নংদি ঐগী ঈরান লোল য়িমনুংদা চংফরোইয়ে। তাউবয়িহুই য়াময়ে কায়রৈ য়িয়েনহকএ। হাঙৈনা রালংনখিয়ে। তৌইগিদি কাউরেন নংগী

সনকোলনুংদা। তাংথারমগে হাইনা পাউমেনববু। কাউরেন ঙ্গিসনচাবু য়াময়ে। তেকপি য়িওক হকএ। তাংথা ফরোইএ। হাঙ্গৈনা ৱারৎনাখিএ। লোইমোম ফৌওইবিনা। সুমাই নাথৌবোম। থৌবোম তাংবারোইদা তাংথারমগে। হাই পামুং। মেনলাং তনবা সাকারমনে। তাংথাফরোইএ। হাঙ্গৈনা সামু মখুৎলাক্লা চিংথোক্লে। তম্ফা লাইরেম্মাদি য়িমলেন সাইগংখা তিনডি সাইগং মাংসোকলমদা। নমতুম নমনা য়াম্তাখিয়ে। কৌবা নোংগাসোই লোইয়া তমলোন ঙাল্লকলবদা খোইমোম লাইরেম্মানা। কেগে থোইদিংজম নিংঙোনবিও। সুমাই নংগী নাথৌবোমদা। ফকলোং চারাই থাচরো। হাইনা পাউকৌখিএ। লোইমোম ফৌওইবিনা। চরৈমা নমথাংবু। কনথারমএ। থংয়ি চিগাসা লোইমোম চিবুং পৈরে। য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মানা। কেগে থোইদিংজম নিংঙোলবি নংগী মোংবা নারাল য়াইদবু। কুবিরমগে হাঙ্গৈরমএ। কেগে থোইদিংজম নিংঙোলবিদি। য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা লোইমোম ফৌওইবি নৎতব খাচিকএ। হাইনা থিকলেন থাকা ফুনা। সোল মোইখিএ। মাপারি মোইরাং অকোংজাম্বাসুং। য়াউরৌ সাবান লোকলুববু মরান মোংবয়াইদা ৱাইথুংলরে মাপল পললেম মমানা য়িপারি কেগে অকোংজাম্বাও। লোইমোম ফৌওইবিনা কেগে থোইদিংজম নীঙোনবি নংগি। মোংবা নরান য়াইদা। তাংথারমগে হাইববু॥ য়াদববু খোইমোম লাইরৈমনা নমতুম আনম ভাম্না সাগংপলবান খাতা লেকলমএ। লোইয়া তম লোন ঙাললে। কেগে থোইদিংজম নিংঙোলবিনা। মপা-

তাবী নবিঙঙাদি লংমাই চাইচি লৌখন মুং লৌরি শেন্দোয় নুংদা থাংয়ি খোংলোম্না লোইমোম খোংদিম্না পানমা নাসে। পোম্বী ম্নাইরংচেক মাকপা পাঞ্জুম্বি নংদি হায়েং থাংয়ি ওইনা য়িমচং লাঈদমদা নমু মীওয়্নবনা ফকলোং চারাইথা লোঈমোম চিকা পৈবদা য়িহিক য়িতাং য়িতিন মাবু মনজরো। য়াউরৌ শারৌ হৈ শজিক খোংখুরা মুংকাই তুনানসা নংদি থাংয়ি য়িহৈমা। লোঈ-মোম য়িতিলমা চচারবদি কোরৌ নোংনা য়েং মানলেম লৈনা খংস্নুমো হাঈনা শোনলময়ে হায়দবরা লোয়মোম ফৌওয়বিদি কদায়রম তুচোং পনলালখিবনো ম্নাংঙুম্লৈমা মাইঙৌ তানবী পাঈমা লিনগোঈগী কেগে মোঈরাং য়িথাঈকাইরেম্বাদা তাংথখিয়ে। লোয়মোম ফৌওঈবিনা শরেংখমচাওখোন ঙারেন হিরোনখোনবু নাচুংলমদে তোপনা হুলানলময়ে কেগে ঈথায় কায়রেম্বদি কংলৈ পুংফানরৌদে অহোংতানফং নারৌদবী ফৌরাও লোঈমোম ফৌ-ওইবিন কদাঈরম তুচোং পানলানখিবনো। কাচেং য়োংয়ৈবা তানতেক থা শাবদ। তাংথখিএ থাংয়ি অহোংবিনা কচেং য়োংয়ৈ-খোন মৈবি তোংহুম খোনবু নাচুংঙমদে। তোপনা হুললানলয়ে কোমদে খুংলাই থাংশাংবনা কংলৈ পুংফা নারৌদে। অহোং তানফংনরৌদবী ফৌরাও থাংয়ি অহোংবীদি কদায়রম তুচোংপনলান-খিবনো। লেরা তুমাবা থোংনাং লমচাওবদা তাংথখিয়ে। থাংয়ি অহোংবিদি মানবিচিয়েখোম কাওরেম লাইথেংখোনবু নাচুংলমদে তোপনা হুম্লানলময়ে থোংনাং লমজাওবনা কাংলৈ পুংফা নারৌদে অহোং তানফংনরৌদবী ফৌরাও থাংয়ি অহোংবিদি কদাইরম

তুচোংপন লানখিবনো কারান নিংথৌ শোকপাম্বা মচিংজিনবু য়িনতাললকপদা য়াংমোম মহুই লোইনাই তোইবী কোনমিংনবী কোনলাংন্নুগা হাওনা তোনতেক্লাবি পাংথি লমদমনা তুবি ফৈনা ওনমানবি ? তুবি অঙানবা লাইরেন অরেম্বানা তাংজ মশমকক্লা থৌখাম্লরে। অতু নোংগিবু ককচিংও থোনখৈয়ে খোইমোম লাইরেম্মা মতা ৪ মানা হে খোইনৌ ইতা শিংও! খোইনৌ ইতা তোইবি কোন মিংনবি কোলাংন্নুপু লাক্কবরা তুবি অঙনবা লাইরেন অরেম্বাসুং য়িনতাললকপরা হায়না কোংনা কোংনা য়েংলমএ। অতু নোংগিবু সিকোংও থোনখৈয়ে কোংয়াং মচৈশুবু মালেম লৈদা য়ুংলম্ববু তিং তিং লাওএ। অতু নোংগিবু তেংলেও তৌনা কৌই। খোইমোম লাইরেম্মা মতা ৪ মরিমনা লেংনা কারকয়ে। অতু নোংগীবু লেংলেনও তৌনা কৌয়ে। খোইমোম মাতা মরি-মানা কোংয়াং মচৈশুমু কনাগীনা থোইবনো হাইনা য়েংববু লোইমোম ফৌওইবীগী কোংয়াং মচৈশুনা লোকলৌতাং অমা থোইয়ে। ককলময়ে। অতু নোংগীবু লমলেন ককমা য়াইও থোন্নৈএ। অশাইভৈগী তুবি অঙনবা লাইরেন অরেম্বনা উগনি হায়না লেংখুনা চৎখিরে। অতু নোংগীবু চোংখুও থোনখৈএ লোইমোম ফৌওইবীনা কারন লম্বুবা থোংখোং পোংথোকপদা তাংথাখিয়ে। লোইমোম ফৌওইবীনা থোংখোং পোংথোকখোন কারান পোংথাখোনবু নাচুংঙমদে। তোপনা হুললানলমএ। কারান লম্বুবনা কংলৈ পুংফানরোদে অহোং তানফং নরোদবী ফৌরাও। য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মাদ কদাইরম তুজোং

পনলানখিবনো। লমলেন খোমিদোক উভাম পৈতোংবদা তাংথখিয়ে লোইমোম ফৌওইবীনা ককচেং সৌচিনখোন তিনথোক লৈতিন-খোনবু নাচুংঙমদে তোপ্পা হুলামলমএ। খোমিদোক উভাম পৈদোং বনা কংলৈ পুংফানয়ৌদে অহোং তাপফং নৱৌদবী ফৌৱাও। থাংয়ি অহোংবিদি কদাইরম তুজোং পনলানখিবনো। মুংপান খাবং য়ুমোই চাম্বা কোকলেন লুহু থৌবা খাবং চেনচিন য়াংবা তেংলে ৱোনকং সাইকোইবা পকশি চাঙৌচিন শরিক মুংথাংনা য়াংলা শিৱোন খোকক্লুম লিকথা মোইকাসা থৌপোম মাইৱোই খন্না ফকলোং চারাইথা উপন চৈরোং ফাননা থাংয়ি চরৈথেম লোই-মোম পোপতেকফু থাংয়ি লুম্বান তোংবদা তাংথাখিগে হাঈনা শেন্না লোংনা নিংলময়ে অহু নোংগীবু খানলৈ লমলোংগেও তৌনা থোননৈয়। লোইমোম ফৌওইবীনা নাংপান খাবং য়ুমোই চাম্বা থাংয়ি লুম্বান তোংবদা তাংথাখিরে। লোইমোম ফৌওইবিনা থাংয়ি চিপুংপৈ লোইমোম চিগা শানা লনগুবীরে। লুৱাং খাপং য়ুমোই চাম্বনা কংলৈ পুংফা নারৌদে থাংয়ি হোং য়িগীদি হোংঙমদে লোইমোম চাওইগী চাওনা ঙমদা হাপচা কৈরেনথন পাখং শংবাই নারাকতং পোংপ্ন লেংলম তেক অন্না শোনখৈনিক য়েনবী তোন্না হুইরবগীমপোংপু তাংমুবনা লোই-মোম চিবুংথক্তা লুমনমনা য়ৈরবগী লোইমোম ফৌওইবীদি খাং মুংজেং লাউ নোংথি লাইমন হৌ চুবা ডৈচায়েকনা থুমনাও হেশোনলে য়েননাও নাহেরে। মাথংলেন মুংবান খাবং য়ুমোই চাম্বনা মোমম্নু তানলোই য়িরুমবিও নংদি করিগী থুমনাও হেশোনব

য়েনাও নাহেবনো হাঙ্গনা পাওহংববু হোইদা থংলেন ইনেমমাচাও নংনা পোৎপূ তাংমুবনা নমগন চৈথাকননা য়ৈরবগীবু থুমনাও হেশোন বনে ঐবু তাইবংচৎ লমদা পানডমলোইয়ে হাঙ্গনা পাওমেনলকএ। ঐদি কোরৌ নোংগারগে চিংঙু লাঙ্গৈরমলেনবু য়িন্দানলগে হাঙ্গমবদা হুংবান খাবং য়ুমোই চামবনা 'খোইমোম লাইরেম্মাবু য়িন্নান লোনলেন য়িময়িঙাশংমতৈ য়িকেন শং মতৈনা নাওফং ফানা শংদা য়াতাশে হাঙ্গনা পাওথেমববু খোইমোম লাইরেম্মানা পাও-মেনলমএ। ঐদি কোরৌ নোংগারগে লমলেন পাৎলেনকোন খানলৈলমলোংগৈ খোইমোম লাইফমলেন অসিদা খারাই কোন-গখানা য়োইচানবিও। হায়েং লাং হৈকুম ওনলকলবদা তেকপি ওক্‌মোম অমুবিনা কৌচৌও লোইদাম থা অমা ওনলকলবদা কাইরৈ য়েনমোম অমুবিনা কৌজৌও। থাংয়ি হোংঙিগীদি হোং-নাঙমদা লোইমোম চাওয়িগীদি চাওনা ঙমদবীনা লনকুবিরগনিয়ে অসুম পাওতাকপিরমএ খোইমোম লাইরেম্মা লোইমোম কৌওইবি-দি লমলেন পুরুসি তাউরোইপাৎলেনকোন খানলৈলমলোংগৈদা খোইমোম কোরৌ নোংগাখিয়ে। হাইনু লৈমা হাইমিংনবী চিংনু লৈমা চিংমিংনবা য়াংমোম মাহুঙ্গ লোইনাই খোইমোম লাইরেম্মা মখোই মঙামকপু সিল্লাই নিংথৌরেনগী কৈথু চাক্কা তৈরসিংনা কন্বী মৈগথু খোইচু তোনলোংয়িকনা কৌজরিয়ে হায়না। খুরুম-জবদা খোইমোম মঙামকনা চমুলুকমাতৈ চঙৌ, লুক্কা লেম্ববু লন-কুবিরবগী। খোইমোম মলমকুমু, অহোং তানকংনরোএ। তমক্কা লাইরেম্মাগী য়ারি অসিবু অকবা য়িয়ু নোংবান হোনেম লুরাং নিংথৌ

পুনশি লৈনোংশাংবু হয়ি হয়া লাওনা কোনশিনলমগে। হয়ি হয়া হে হে হায়ারিও ।।০॥০॥০॥

**থৌনিবগী পোৎলমদি :—** চফু ১, ইরাল ১, লফোই লফাং চং থোকপা লফাং ১৫, ফিরাল ১, ক্বা ২৫, মনা ১৭, হৈ মনম নাইবা ২, লৈশং কোনয়াই পু ২, ৈফি ১, নাহৈ চফু ১ শরেং ১। ভাপাং ১, শংব্রৈ খরা লাংথৈ মাপোপ ১৫। কবোক, চু থুম্পাক ২, য়েল অতুবী মরুম ১, চেং, খোইজু, লৈথাম, নাপি শিংবি তাইরেল, পুংফাই অসি য়াওনা থৌনিগনি। লফুৎ ৯।৭ সু ক্বাৎতনা য়াউগনি অসুম্না থৌনিবা অসিনা লবুকি থৌনিরোলনি।

# কোৎকি লাই খুরুম্নবা

**হৌজিক্তি কোৎকি থৌনিরোনগী ক্বা হাইগেঃ—** কাসা নিংথৌ লায়নিংথৌ অপোক অশাংপা অকু অয়েনবও নসু হেবুংথৌ নসু হেবেম্মা হৈরাং শিংলাংবী ননাই উমিৎ উতাংঙম লমহৌরকপশিংনা মথুং খুবাক চাংজৌ ১০ মা সমলাং লখা ১ না খুরুমজরি। ঙসি কোয়ৌ মুমিত্তা থবি চৈজেন্দা থাবা লাননংদবা মুমিৎ অসিদা খোইমোম লাইরেম্মা তরা চাকওইবি পোইরৈ খুনয়োকপি তয়ুম নাইয়োকপিবু লাহান নোংঙৈদা মুবা মচল থিংঙা তাওবীনা। মথিং লাইরেনমাবু তরা চাককোবদি তরা লুকমাইরেম সরেন ক্বাহাপননা তরা চাককোবদি। মথিং লাইরেনমানা। খোইমোম ময়ল কুবু কুবিরম্বদি পনথৌগী ফমমেন্ খাথংবদা। করি সেন-

জাওগা ফিথুপ ফিদাইগা সেপি খুজাইবু লোইমোম চিবুং পৈনা লনকুবিরমও।। মাংশোক লাইনা থংবদা কুরাও ফান্না রাংলগা, ত্ময়ম নাইনা থোইবাবু লনকুবিরমএ ।। মুবা মচল্ খিংঙা তাওবি-গি কাংলৈ মশুমাংদা। তৈকপি কোনদৈদবা কাওরেন্ কোনদৈদা মচেং লৈরিক লৈরাক থন্না চংবি মকৈরেন্দা কৈখু চাগাতৈনা। মথিং লাইরেনমাদা পাওমেললকএ। হে! ইখিং লাইরেনমাও। নংনা নমোম ঐবু লনকুবিরম্বা অসিবু কৈদৌনশিঘনো? তুবি নংবু নউল হুবিরমও? লাইরেন নংবুনতাং সিংপিরকউ।। হায়না পাওমেনজরবদা মথিং লাইরেন মানা পাওখুমবিয়ে। হা ইমোম ইবেম্মা! মুবা মচল থিংঙা তাওবিও। ঐদি তাংজনং তেয়ে ইউন হুফারোইরে ।। লিলহা নত্তে ইতোং সিংফারোইয়ে। ইরোই ইতাংলৈ তাংলৈ অয়াংবা নংদি ল্যাইজা ইরোলন্নুংদগীবু ফকলোং চরৈ মচেনলুও। মুকনাইবা নংদি হ্যমুক তোংগা চেনলুও, ঙৌনাইবা নংদি সুংঙৌ তোংগা চেনলুও খৌনাইবা নংদি লৈচেং তোংগা চেনলুও।। হায়না মথিং লাইরেনমানা থৌশিখিয়ে ।। ইরোই ইতাংলৈ তাংলৈ অয়াংবা নংদি লাইজ ইরোলন্নুংদা।। ফকলোং চরৈমচেনলুও। মুকনাইবানা হামুক তোংগা চেনলুইএ ।। ঙৌনাইবানা সুংঙৌ তোংগা চেনলুইএ।। খৌনাইবনা লৈচেং তোংগা চেনলুইএ। মুবা মচন থিংগা তাওবিগী কংলৈমাসুমাংদা ফকলোং চরৈ থানা মথিং লাইরেম্মানা পাওমেল্লকই। হা ইমোম ইবেম্মা পামং মচন খিংঙা তাওবিও! তুবি ঐনা মুনা ওনলিঙৈদি অঙাংকৌঈচা য়েককুম য়েকনা লৌও। খোইমোম ঐনা ঙৌনা

ওললিঙৈদদি মুংঙৌ পাকতৈনা লৌও। হা ইমোমও! খুনবি নোংলৈশং অসিনা থাংডা য়ুমলোই থিংনা লৌও। অহুম অরৈ ঙাংনা লৌও। হাইনা মথিং লাইরেম্মানা পামং মচনথিংঙাতাও বিদি লনকুবিখিএ। অতুগুম্না ঙসি কোরৌ মুমিংতা নস্থু হেবুংথৌ। হেবেম্মাশিংদা লনগুবিরমউ। নহাল নোং ননোংয়াই লাইরেন সেনবি খাগেম্বা স্না মহাকতকতা লিংলম্বা স্না কৈথেনলেমদগী হৈরাং নিংথিবা; লৈরাং অহেনবা, সিংঙেল মরোং নাইবা তাওজিং খুৎফানাইবা হৈগী হৈরমস্থু লৈগী লৈরমস্থুনা নস্থু হেবেম্মা হৈরাং শিংলাংবিসিংনা লাংজরকলে। চিংঙু নংগী স্নামাং অসিদা চিংঙু নংগী নহিরোই। খোইয়ুম নংগি নঙাইরোই। কৌবা চানু তোইবিসোইয়াঈ লানথাবিগি মপারি মেন্দে নিংথৌ পানজুম্বগী মরাল মুংগাঈচিংদগি হৌরকপা চংবিলানা চামলৌ লাগাথানা। হৈরাং খুদোনশেম, লৈরাং লৈহুন তমলকলে। চিংঙু নহিরোই। খোঈয়ুম নংগী নঙাঈরোঈ রাংব্রেন থানা চাওবগি লেমলৈ য়াকাঙা মরোং শমশাংবিচানা সরেন য়েংলমতুনা ইরাল, চবালফুবু চিংঙু মাংদা থানা খোইয়ুম স্না নখোংথাদা কৎচরিয়ে অহোংপুংবু খোনবিরমউ। নদাইরেমগী তরা চাকোৎমুং চংবি মকৈরেন্দা কৌচেং চাকম্নি ওইনা মুরেক চংলেঙোই হাবাগুম্না লনগুবিরমউ॥

লাইখুরম্বাগী লা থাম্বদবা হাইগে। কোৎ অহুমী মমাংদা

কোনয়াই হাম্না ছুলগনি লা লাতোন অম্বদা য়োৎ অনি সেন ২ ফৌ মরম ৭ কী চেং খুৎনা থোকপা। চুহি খোইহি; শঙোম, লৈফোইলফাং চংথোকপা অমা। ফৌ হৈরি ১, চেং থম্না হৈগনি।

হৈ লৈ ক্বা ১, পানা মখোক পংত্তবা অমা লৈশং মরোং অমা থাগনি অত্থদগি লা, লাতোন অমদা শরেং অমা ঙাপাং অমা থাগনি। মনাক্তা চক্ষু ১ ইরান ১ চক্ষু অত্থদা চেং খরা হৈগনি। মাতু চাবান চক্ষু কৌই খাবৈ থাদনা থোংলগা চবান য়েংগনি অত্থদাম্রু ফৈ, ফত্তে হাইবা খুদম পি। কোৎ অত্থগী মথাদা লা উপ্পা থাগদবা লাতোল মথক্তা ফৌরম ৭কী চেং খুংনা থোকপা অত্থগা হৈ, লৈ, পানা, ক্বা কোনয়াইপু ১। লফোই চং থোকপা লফাং অমগা থাগনি। কোৎমযাইদা লা, লাতোল ১ লোংনা থাগনি ফৌরম ৭কী চেংনে লাংথৈ মপোপনে হৈ মনমনাই-বনে। কবোক অথুম অহাঙ, লফোই চং থোকপা লফাং অমগা ফৌ হৈরি অমা লৈশং অমা কোনয়াঈ পু ১। লিল লাঈগীমক লা ১গা উপ্পা থাথো কবোক, য়েরুম ১ হৈ, লৈ, পানা, ক্বা, লফোই চংথোকপা স্নুনা থাগনি॥

অহানবদা অনম অথৌ কোকনি থোংত্রিজৈদা পোৎ পুম্নমক কংকনি অত্থগা অমুক থোংলগা লুক ২ কংকনি লাঈনিংথৌ কৈরুংবগা লাঈরেম্মগা ২ দা কোং মমাংদা লফুৎ থাগদবদি য়েংলোমদা লাই পাখং মাপলগী ফমফম ৯ থাগনি। ওঈরোম-দা লাঈমুরা ৭কী ফমফম ৭ থাগনি হাঈরিবা ফমফম অসিগা চাকলুকমচা অমমমগা কোম্নলা থাগদবনি। কোং মমাংগী থারিবা অত্থদা সোনগদবা লাইশোনদি। কাশা নোংথৌ লাইয়িংথৌ হেনলোই ৭ মকও লাইরেমমা হেনলোই ৭ মক লহান নখোইনা লৌতমশিংদমবিবনে লৌরাং লৌতমবিরকপদা কৈরেন থনবা

কুবিরমও: লাইয়িংথৌ কৈরুংবও ন.মংদি মুংবী শানোই নোইবী শানোই। তোংবি শানোই। ওকপি শামোই। পেংবি শানোই। হিংগ্রি তংথা তুথিংলেন নং খিকথাবিরকও: । থৈয়ি থৈয়ি সারি চজা নে-নে-নে হাইনা সোললো ॥

কোং মতান্দা ফৌ মথক্তা সোনগদবদি থাংজিংনে, মারজিংনে কৌবরেননে অহুমমক্তা তিননাঙৈগী মমিংদি সরা মুংতিনলেন নংতিনসললো। কুং কুং চিকুংচি নপফা লৈকুপ লাচিং খুং খুং তাংকললেন থুংচি লৈনপফা হুং হুং হাইনা সোল্লো।

কোং মথাদা শোনগদবদি কশা নোংথৌ লাইয়িংথৌ, লিকসৌ চাকশৌ। হয়িৎ কাংকা রৌকুম্বাও মুমিং খুদিং শৌগংপঙ স্না কোনসৌরেন নংনা সৌগংপিও, পুং ত্রীং সৌনপ অস্তুম্না সোনলো ॥

কোৎতাগী ফৌ থাইবা মুমিং ফত্তবদা খাইরুবা অমস্তুং মীনা ক্তখিবদস্তু কাম্নগনি। থৌনিত্রবদি ফৌ কৈ ময়েং তাই। অতুগী দমক্তা কোংকি লাই কৈরুংববু থৌনিবনে।

---

